# হেঞ্জুনহা

## কংলৈপাক






অইবা
কে:বি: শর্ম্মা:

# হেঞ্জুনহা




অইবা
**কে:বি: শর্ম্মা:**

*ফোংদবা :*

ডাক্তর লাইস্রম লোকেন্দ্রো

নাগমপাল সিংজুবুং লৈরক, ইম্ফাল।।

কোপি মশিং - ২০০

অহানবা নম্বা - সেপ্টেম্বর ১৩.২০১০ ইং

মমল - লুপা ১০০্







*ফংফম :*

রাজেস বুক স্টোর

গভনর রোড

ইম্ফাল

# "অফোংবগী ৱারোল"

ঐহাক ভেতেরিনরি প্রোফেসন্দা লৈজরবসু কলা সঙস্কৃতিবু য়োকখৎপা পামজবা লমদম অসিগী লৈহাউদা চাওজবা মীশক অমনি হায়জনিংঙী। তশেংনমক মোইরাং শাইওন নুংশি নুংওনগী তুংনফম পরিং অসিবু চোইজাইনদা লৈ-পরেংগুম মথং মনাও কায়দনা লেংদুনা থমজনিংবগী থিজিঞ্জরিবা মীওই অমনি হায়জবতাই।

তাঞ্জা অসিমক্তদা অজ্ঞা ইবুংঙো কেঃবিঃ শর্ম্মনা ইবা 'হেঞ্জুনহা' থেংনজরুবনি। খুৎইদা লৈবা লীলা অসিমক লমদম অসিগী ইকাইখুম্নজরিবা সক্লাইরবা মিং ওইনা পঞ্জরবদা পণ্ডিৎ পাবুং শ্রীনিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রা সিংহনা মকোক্তগী লোইবফাওবা পাবিদুনা থাগৎপা ফোংদোকপিরবা লীলা অসিবু ফোংদোক্তুনা মীয়াম হুপ্না পামিন্নদুনা ঈচেল লেপত্রবা মোইরাং শাইওনবু য়োকখৎমিন্ননবা মীৎযেংগী মখাদা লীলা অসি ফোংজবনি। ইরমদম অসিগী লৈজরিবা অরিবা ৱারি শীঙবুল কয়াবু মথং মনাও নাইনা লীলা ওইনা পুথোক্তুনা মীরম মচাগী মমাংদা ইরৈচাশিংনা চাওথোকচবা ঙম্নবগী পান্দম অদুখক্তনি, পৈশা, লন-থুম মতিক চানা লৈজদুনা ফোংজবা নচ্চদে।

ফোংজবাঃ

**ডাক্তর লাইশ্রম লোকেন্দ্রো**

# হেঞ্জুনহা

## নোঙ্লুকপা ৱাহৈ

লিলা অসি হয়িচক লোইরদুনা লাংবচক্কী কুমশিং ৩৩৬৫ শুবা তাইবং মীনা নিংথৌ ওইনা পানবা, পোংলেন হনবনা নিংথৌ ওইবদগী হৌজরে। লিলা অসি সরাংথেম বরমনিগী "মোইরাং শাইওন (অহানবা)" দগী ময়াঙ লৌথোকচবনা হেঞ্জুনহানা মোইরাং লিলাগী অহানবনি হায়না ইজরে অদুবু "নিংশিং চেফোঙ (অনিশুবা)" শ্রী লাইফ্রাকপম অশোক্কুমার সিংহগী য়েংলগদি ফৌওইবী অকোংজাম্বগী লিলানা অহানবনি, শ্রী এ মীনকেতনগী খুৎইদা য়েংলগশু ফৌওইবী অকোংজাম্বগী লিলানা অহানবনি, তৌইগুম্বশুং এম: বিরমঙ্গোলগী খুৎইদা য়েংলগনা খম্লুং য়াইথিংকোনুগী লিলানা অহানবানি, অশুম্না ইবা থেংনজৈ। লাই হরাওবগী মতাংদনা জোন পারট অমদি ৱাহেংবম লুখোই সিংহগী লাইবিক্তা খর খজিক নৈনরগা হাপচিনজৈ। লিলাগী মচৎ ওইবনা নুংঙাইনবা Charactor কয়া হাপচিনজরে। ৱাহৈ-ৱাতা থোইনা হেন্না হৈজদবনা Folk কী লোন্দ্রে চংফাত্তবা খরসু থেংনবীগনি। মরু ওইবা Charactor শিংদি শ্রী বরমনিদগীদা refer তৌজবনি। লিলাগী মথং মনাওদি হিরম লমায়দা উৎচরে।

খংজ হৈজদবা ননাই তোল্লবনা থিজিনবা ৱাৎপদগী ময়েক অসিদা অবান- অহুই য়াওরবসু ঙাকপিহৈবা লাইগুম্লবা ওজা গুরুশিংনা ঙাকপিয়ু। পরিং নাইনা শান্নগদবা ফম্পাক লিলাগী খুৎইনিনা তংঙাইফদবা মতাং কয়াসু হাপচিঞ্জদুনা Sequence অমগা অমগা Link থম্লবা হোৎনজবগী অশোয়-অরান পুম্নমকশু ঙাকপিয়ু।

তোল্লবা

1/7/2005

**কেঃবিঃ শর্ম্মা**

থোংজু পার্ট টু

# "হেঞ্জুনহা"

ইবুংঙো কে:বি: শর্ম্মনা ইবা লিলা হেঞ্জুনহা অসি হৌবদগী লোইবা ফাওবা পারে। "হেঞ্জুনহা" মোইরাং কংলৈরোন্দা লাইগী কুমশিং লোইখ্রবগী তুংদা মীওইপোক্কী কুমশিং লাক্কুনা মীনা লৈঙাক শাসোন তৌজবগি হৌরকপা অমদি ইচেল লেপত্রবা মোইরাংগী ৱারি "নুংশি শাইওন" অহৌবনি। ফোক্ষ/ত্রেডিসনদা য়ুম্ফম ওইবা লিলা ইবদা পরিং শুনা ইফম থোকই। ইবুংঙো শর্ম্মগী লিলা হেঞ্জুনহা অসি পরিং কাইদনা ইবা উই। মীওইপোক্কী লৈঙাক হৌরমদাই ঈরাৎ থৌনিজবা, মালেম লৈতৌদুনা মরু মরাং হুনবা, নোংমদোল ঈকৌবা, থাংজীং হরাউবা অসিনচিংবা মথং মনাও কাইদনা ইবা থেংনৈ অমসুং লিলা অসিগী পারি পুরিগী মমিং মথা চেকশিন্না থিজিন্দুনা মরি মতা শেংনা ইরি। লিলাগী লিচৎতি অয়েংবশিংগী পুক্লিং হুবা ঙম্নবা মথেল কয়া হাপ্লা হাইবসি মহৌশানি।

ইবুংঙো শর্ম্মগী লিলা "হেঞ্জুনহা" অসি মপুম ওইনা য়েংলুরগা মহাক অসি থিজিনবা পাম্বা অইবা অমনি হায়নিংই।

লাইরিক অসি ফোংবদা কান্নগনি।

শ্রী খেলচন্দ্র সিং

*পন্ডিট (শ্রী নিংথৌখোংজম খেলচন্দ্রা সিংহ)*

উরিপোক ইম্ফাল

*তাং ১৮/৭/২০০৫*

# লিলাদা চংবা শক্তমশিং

নুপা

১। থাংজিং

২। নিংথৌ

৩। খোইজুহোংবা নিংঙোল্লাকপা, (লাইরৌলেম্বীগী মপা)

৪। লাংলেহনবা (হেঞ্জুনহাগী মপা)

৫। হেঞ্জুনহা

৬। লোয়াঙম্বা (হেঞ্জুনহাগী মরুপ)

৭। লাইয়াম

৮। মাইবা

৯। ব্রাইনু লাবা কদনবা

নুপী

১। পালোইতাবী

২। খোইজুহোংবী (লাইরৌলেম্বীগী মমা)

৩। খোইদোম লুখ্রাবী (হেঞ্জুনহাগী মমা)

৪। লাইরৌ লেম্বী

৫। তোনু, লেম্বী, য়াইনু, লৈশং (লাইরৌ লেম্বীগী মতাশিং)

৬। মাইবি

৭। লাই নুরাশিং

৮। ব্রাইনু অমোম থৌদনবী

৯। লৈকায়গী মৌ হনুবী, নহাশিং

# হিরম লমায়

১
১

## নোংমদোল মালং

মীৎয়েংগীদি অখৈবা
শংবান্নবা অতিয়াদি মকোয়দা,
চেক্লা অমদি মৈত্রবাক্কী
ব্রাইনু লাবা কদনবা,
চেক্লা অমদি শেম্বী কবোগী
ব্রাইনু অমোম থৌদনবী,
চেক্লা চাদি চিন্দিন্না
পোম্বী চাদি চিল্লোক্লা
পুস্সি লৈপুল শেম্নসি
শরিদুদি পন্দোম লোম্নবা
চেক্লা তুফাং য়ৈনবু
শেম্বী কবোদি তুংওইনরম
পোইরৈ লমদম পাংলক্লি।।
ব্রাইনু অমোমদি থৌদনবীদি
উনবী পুক্লিং শুমহৎখ্রবোই
উরুবদা পোইরৈ লৈময়োল,
মীৎথম পুক্লিংদি নুংওন লম,
চীওনা কোয়নবু পনশাবা,
অশংবা ফিজোন্না লৈতেংবী,
মীৎয়েং হোংউ য়াখিদরে।।

(অয়ুক য়েন্দা অঙনবা)
(ব্রাইনু লাবা কদনবগী মফমদা ব্রাইনু অমোম থৌদনবীনা অশুম্নবু ব্রাহমজবগী ব্রাংলেম্নি।)

থৌদনবী — ইশাবীও নুংশিবা! লোইবী চীঙদি নুংঙোল চিঙ, অতিয়া খেৎকুম ব্রাংলিবা, কোলোয় করিবু কৌবগে?

কদনবা — সেলোই নিকব্রা নিক্ত চীঙ, লংমাই হাইগব্রা হাইদ চীঙ, উতং কাপকা হুইগা-থা, চীঙমায় মাপল ফারিবা, পনম নিংথৌগী মশাইকোন, লোইবী 'নোংমাইজিং' চীঙশাংনিদো চান্নবী।

থৌদনবী — নোংচুপ হারম পাংবা লম, চরৈ খ্বাংচেৎনবগুম চেক্লা উনবী হুবা চীঙ, লোইবী নেম নেম শল্লিবা, কোলোয় চিনগোয়বিয়ুবা? লোইয়ুন্বা।

কদনবা — চীঙুগীদি মকুথেন, মকু নুংঙোলচীঙ, ব্রাবা ফেবে ফম্মাংচীঙ, খুনু মিৎস্না লুরুকচীঙ, পাখং চাম্মনা শিরগা, মোম্ন চাম্মনা ঙাইনচীঙ, নুরা চাম্মনা শিরগা পাখং চাম্মনা ঙাইনথেল, লাঙ্গোল চীঙবু কৌইদো, ইশানৌ।

থৌদনবী — থংলেন মাঞ্জ পাম্মুবা, চরাংনা ঈমায় শীরিবা, চেকয়া কোন্দোম লৈবাংনা ঈশং শংনা শাৎলিবা, কম্বোং হৌনা মনানা নোংমদোল তেমশিংনরিবা, ঈপাক মিংসেল খাল্লিবা, ইপাকসিবু করি কোলোয় কৌবগে?

কদনবা — লাইজ ঈনা ব্রাংলগা, মালেম লৈনা নেল্লিবা, কেগে লাইঙ্গা হিগালম, মোইরাং শন্দেন ঈব্রাইকোল, ঈথক্রা ঈমায় নিক্লিবা লোক্তাক ব্রাংফুরেলবু কৌইদো নুংশিবী।

থৌদনবী — থংলেন-ও! তাবিয়ো! নশানৌ ওইবী ঐহাক্তি লম্লেনশিবু উরুবা, পায়মা খৈনা নুংঙোল্লি, চেক্লা শাখপ ঙমদরে, কোরৌনগা নারল চল্লকপনে, লম্লেনসিদা ইনুংসিমা য়াংগোয়রগা, লম্লেনসিদি লমনুংশি, করম্মবু ওইরকখিবা, ব্রারিদুগী শিংবুলদো নশানৌ নাপদা তাহনবিরোগবা? চান্নবা!

কদনবা — চীংগু থাংজিং কোইরেল্লাই, পালোই তাবা লাইনিংথৌনা শাইওন লিলা পুথোক্তুনা কেগে মোইরাং লৈবাক্কী নুংশি শাইওন ব্রারিদি তুরেলগুম ঈচেল লেপ্তুবা, লৈরাংগুম লৈনম মাংদবা, শিঙেলগুম লৈশক হেল্লিবা, খোইরেল হীগুম খোইথুল্লবা, ইপা ব্রারি অচেৎপা, ইপু ব্রারি অথুপ্পবু শৈশক শৈদা শুনবু তিল্লাং থয়োৎনা, উনবী পুক্লিং চংনা, নাপ চিক্লা তাজরোদো পাম্মুবি।

থৌদনবী — তাজরগেকো নুংশিবা।

কদনবা — হয়িচক্কি কুমশিং লোইরবদা, লাংবর্চক্কি কুমশিং (৩৩৬৫ শুবগী) মৈনা ব্রায়, তাংনা শমহৌবা, খোয়ুম লাইগীদি মমৈ, নমু তাইবংগীদি মকোক, ইব্রাং পুরিৎলাই, ফাং-ফাং পোংলেনহনবনা কেগে মোইরাং লৈকোয়পুংদা নিংথৌ ওইনা পাল্লি ........

১
—
২

## লমহাং

অৱাং কৌক্রু চীঙদোম্পোক,
কাওরেল মরুম শাবচীং,
লৈচিল পোমায় তূরিবা:
কুমগী নোংলেন হৌনফম,
লোইবী নাপোম ঙা ঙাম্বা,
লৈচ্রেংনা ঙাঙনা তাবিবা,
পামেলনা পোপ্তেক লৈরিবা
লোইবী চিঙখোং তময়ানি।
হানৌনা শংনা কারিবা,
হুপ্নৌনা নাপ্পু ফারিবা,
ইঙেল লোক্কী লোকচিন্দি ;
পুল্লৈনা পোপ্তেক লোল্লিবা,
লোক্লৈনা শমজিবু শারিবা,
য়াইপলনা ঙাঙনা শাৎলিবা,
লোকমায়না খুদেং শাবলম,
খোইয়ুমগীদি লৈবুঙ য়াকাফম্নি॥

(নুমিৎ য়ুংবা)

(লাইয়াম মরোয়শিংনা অশুম্লবু ৱারৌ পুক্লৌবা ৱাংলেন্নি।)

লাইয়াম — হে কেগে পোকপা সোরারেল, মোইরাং পোকপা লাইনিংথৌ, কবি থৌশিল কৌবগে?

লায় লুরা(১) — লাই পুকচেল ফৎমন্দে ......।

| | |
|---|---|
| লায় ময়াম | ফৎমন্দে, ফৎমন্দে.... |
| লায় লুরা(২) | ননিং নখা তৌমল্লি.... |
| লায় ময়াম | তৌমল্লি, তৌমল্লি.... |
| লায় নুরা(১) | য়াইতোং খোমদোম্বা মখোয়না শাইওন হেক্তা তমখিবা.... |
| লায় ময়াম | নরোয় ঐখোয়বুনা মালংদা হুন্দোক্লম্বা..... |
| লায় লুরা ৩ | য়াথোকফম, য়াতাফম তাক্লমদবা! |
| লায় নুরা(২) | কান্নদে য়াইমরু থিশি। |
| লায় ময়াম | থিশি থিশি, হৈ, হৈ, হৈ ......... |
| থাংজিং | (খাক্ল নোক্তুনা থোরকপা) হা ......... হা |
| লাইয়াম | (কিবা) সা ..... সা ..... রা .... রা .....সি ......সি |
| থাংজিং | ইরোয়শা ..... |
| লাইয়াম | উ ....<br>চীংগু খোইয়ুম অশুপ্পা,<br>সনা ফম্বাল থেনগাবা,<br>থাংজিং কোন্দুম য়াইমরু;<br>নরোয় লাইয়াম ঐখোয়দি<br>তরা চাথংদা পুকহাপ্লে<br>কাওবি শুম্লোই তাওগুম্না<br>মালং থাংগোয়ববু কনবিয়ো। |
| থাংজিং | করিগী উনবী তয়াং তশোয়বনো? |

হয়িচক্কী মতোল লোল্লেদো,
চীঙ্গু লাংওন লোমখরে,
লাংবচক্কী লাংওন তল্লগে,
নমু তাইবং শাইওন পুথোক্লগে......।

লাইয়াম (য়ানিংদবা) উ..... ই..... আ .....

থাংজিং ইরোয়শা ........

লাইয়াম উঈ.....

থাংজিং য়োইবু য়োহেনবা ঐগী য়াব্রাসে তারোহে।

লাইয়াম হয়ুম।

থাংজিং ইরোয় নখোয়শু মাংফবোই, খোইয়ুম শাইওন্দা য়াওহনগে।

লাইয়াম হয়া হে (হরাওবা)

থাংজিং নয়ু ঐগী ইশানৌ পাল্লোইতাবীবু তারিবরা'?

পালোইতাবি ইশাবিও নুংশিবা, খোইয়ুম শাইওন ঙস্বা খোইরাব-ও! নশানৌবু খুলাম তোয়বীবা, করি য়ব্রাবু লৈবগে লোইয়ুস্বা?

থাংজিং ব্রাহল্লস্বা নহানোংগী
অতিয়া গুরু শিদবৈ;
লৈমশেমঙৈগী ব্রারিবু
অকাওপরৈনব্রনে চান্নবি?

পালোই খুনুদা কৌবী লম্মুংশি, খুনু শাবি শানৌ অনিনা য়াইবি লোম্মিন্নখিবা, কাওজদেনা ইশাবী।

থাংজিং	য়াইবী অনিদি শিন্নরম্বা, নুংশিনবু য়োক্লিবা থম্মোয় লকাদা নঙ ঐগী, লাংওন মতম য়ৌরক্লে, নমু তাইবংদবু শাইওন তমহন, শাবি শানৌ অনিগী শক্লোন লৌ, অপাম নুংশি ৱাইথুংহল্লশিকো, চান্নবী।

পালোই	চীংঙু নতিক হেনবনি, শাইওন ঙম্বদি খোইয়ুম্নি, নশানৌ ননেম্মচাদি ইশাবি খুদুং ইন্নবু নুংশি-শাইওন তাম্মিন্নশিকো, নুংশিবা।

থাংজিং	হে ইরোয় লাইয়ামশা ....।

লাইয়াম	উ ....।

থাংজিং	মথং লাংওন লাকপদি, নমু তাইবং লিলাবু শান্নরগে। কেগে মনিল নাই, মোইরাং মরাং হৌ, তাইবং মীগী শাইওন তম, লৈবাক নিংথৌ পালহনগে, খুনু য়াইবী অনিনা শাবি শানৌ লৈপুন শেম, শাবি হেঞ্জুনহা, শানৌ লাইরৌলেম্বী তৌন কৌ, নুংশি শাইওন লিলা শান্নববু ইমিৎ থিৎনা য়েংলগে।

লাইয়াম	নরোয় ঐখোয়বুশু য়াওহনবিয়ো ...।

থাংজিং	ইরোয় নখোয়দি য়াওফরোই....।

লাইয়াম	শা ...... শা ....... (শাউবা)

থাংজিং	ইরোয়শা! শাইওন পুম্বদগী হেন্থোয়রবা, তাইবং লিলাদদি নমু মিনম শোরিবা, লিচৎ নাইদবা, খোংকাপ কমজাও হুল্লনি, মদুই ৱাদি লৈবনা ইরোয় নখোয় পুম্বদি শরোয় ঙারোয় ওইনবু নমু চৈথেং পিনবা চীংঙু ইতেং পাংখিনিদো .....।

লাইয়াম — চীঙ্ভু নয়াথংদি হোয়াজরে .....।

থাংজিং — ইরোয় লুরা নখোয়না, লাইরক য়াথোকপা খোংবাল লাল্লুম্বা, মায়কৈ ঙাকপা ওইরুরো ....।

লাই পাখংশিং — উ ......।

থাংজিং — ইরোয় নুরা নখোয়না শাইজিন পোল্লিবী, য়েনখা পাউতাবী, খম্নুং কিকোই লৌওনবী, ওইরুরো।

লাইনুরা — উ .....।

থাংজিং — ইরোয় নখোয় পুম্বদি, মায়কৈ মরি, শুংদাই নিপান্দা, লাইরক কোনশাংদা, লৈক্রক্তা, লৈরায়দা, মোংশোংদা লৈদুনা নমু মিনম শোরিববু লমওক্লহল্লো, তিনচুহল্লো, লাইচুহল্লো।

লাইয়াম — নয়াথংদি কোরৌথক্তগু কাফবোই, মালেম লৈদগু তাফরোইদো লাইনিংথৌ।

থাংজিং — তাইবং মীদুগী মশাদা তিলওক লাইওক্ল, তিনচু লাইচুরবদা, অমাইবা অমাইবীনা খয়োম চবান থাদোরকপদু চাদুনা লৈরুরো, কুমজা খুদিংগী লমদা থাগী অহানবা থাংজদা শীংথেক শীঙথা কোরৌদা, ইরোয় নখোয় পুন্দুনা চাকচা হৈজামিন্নরো, চীঙ্ভু ঐগী হরাও তয়াম্বদগু নখোয়গী ফমফম, নচিঞ্জাক তম্লগে।

লাইয়াম — পম্থৌও! অপোকপা! পলেমও অপোকপী! নরোয় ঐখোয় পুম্বগী ইথৌদাংদি পিবিরে অদুম্নদি ওইরগা নপারি নমোম ঐখোয়বু পলেম নাওয়োক হাং, পম্থৌ লাঙ্গোল তামহনবা ঙমজরোইয়ে ......

পালোইতাবী পারিও নুংশিবশা, ইমোমও নুংশিবীশা, নপন পম্বৌ পলেম নমা অনিনা পারি ইমো নখোয়বু নুংশি কিশি চেৎনা কি থম্মোয়নুংদা থমগনি, অকাও পরৈনরোইকো .....।

লাইয়াম পলেম ....।

থাংজিং হয়েং লৈবাক্কীদি লৈমাবনা, লৈতায় লমদাই থিবদা, পলেম পম্বৌ অনিবু ঈরোনুংদগী ঈকৌখৎ, হরাও পুংদোই কাদুনা, লৈবাক মরা তপ্পবা, চাহোং ঙাহোং ফংনবা, ঈরাৎ থৌনিজরবদা, ইরোয় নখোয় পুম্নগা ব্রাপুন্নসে, ব্রাতায়নসে, হরাও মরাং হৌনসে...।

লাইয়াম হৌয়াজরেদো পম্বৌও ....।

থাংজিং ব্রাংলেন পুংজা অসিদগী ঐখোয় পুম্না শাম্বুপ্লসে, কেকু স্বা ....

(থাংজিং, পালোইতাবী, খুম্বোক জগোয় শাবা)

১/৩

## কেগে মোইরাং

মৈন ৱায় তাংন শমহৌবা
খোইয়ুম লাইগীদি মমৈ
তাইবং মীগীদি মকোক
হৈনম লৈনম্না চূরবা
নুংশি নুংঙোলগী হৌনফম
শৈহেক শৈদাগী তুংনফম
পোম্বি চেক্লাগীদি চাকতাফম,
ইপুং য়াইপুং তিন্নফম;
কেগে থেমিংদি অরুবা;
মোইরাং হিপুংদি য়াইপুংবা,
তৌনা কৌইবু মফম্নি।

(নুমিদাংৱাইরম)
(থৌনিজবা, মৈরা কৎপা)

অমাইবা

হে কেগে পোকপা শোরারেল !
মোইরাং পোকপা লাইনিংথৌ !
থাংজিং কোন্দুম য়াইমরু
স্না ফম্বাল থেনগাবা,
নুঙবী শিদবা খুনেৎনবা
নুংনাং নাদববু খুদানবা,
পাম্মেল উথম্বাল নমঙানবা,
খোইয়ুম শাইওন য়াম্বা-ও!
খোইরা ঙাঙোই লৈঙাকপা !

কেগে মনিন নাই
মোইরাং মরাং হৌনা
চাহোং ঙাহোংবা পিনবীয়ো।

খুঞ্জা (মালেম লৈতৌবা, পাম্মেল উজাও থাবা, মরু মরাং হুনবা মহৈ মরোং পালহনবা, জগোয় খুথেক্লা উৎপা)

ঈশৈ

(১) কোরৌনা নারল চন্দ্রিঙৈ
খুত্তা য়োৎলাং পায়দুনা
মালেম লৈথোং ফাৎলসে
ফাৎলেসেদা।

(২) হো .... হো .... হো ....
তাইবং চিঞ্জাক ওইনবা
মালেমদা মরু তারসে
তারসেদা ......
হো ........ হা ........

(৩) হো ...... হা .........
হো ...... হো ....... হে
হো ...... হো ........
কুমগী নোংলেন লাক্লবা
পামেল উজাও থারসে
থারসেদা
হো ......... হা

(৪) নোংও চুথরো
হনুবী হনুবা তাওথরো
লাংজিং মতোন থুমহৎলো
পাংশোয় নুরাবী তাওথরো
উনম পাখং খুঞ্জরো
খুঞ্জরোদা।

অমাইবা — হৌজিক্তী লৈথক লৈখারোল লংদাইনবা লোইজরে, লৈকোই মপু।

নিংথৌ — পায়ম খৈনা পেঞ্জরে, হয়েং কোরৌ নোংদগী ঈবুধৌ থাংজিং, ইবেন্ধৌ পালোইতাবী, অনিবু ঈকৌখৎনবা য়ুমথাং য়ৈনা পাউজেল্লসে ...... (চৎনখিবা)

পাওজেনবা — তাও, তাও, লৈকায় তাদবা তাহৌবো !
হয়েং কোরৌ অঙনবদা
ঈবুধৌ থাংজিং কোয়রেল্লাই
ঈবেন্ধৌ পলোই তাবিগা
হরাও মথোয় কানবা
ঈকৌখৎতুনা লাইবুং কারগনি
হৈকৎ লৈকৎ তমগদবনি
জগোয় খুৎথেক কৎকদবনি.....
তাও তাও ...... ।

১/৪

## লাইবুং

তলা পামেলদি ব্রাংথোইবা,
মপাল মনা ঝুম ঝুম,
মশা মরেং ইফল ফল,
মরানা উকা তল্লিবা।
চহি লিশাং পুন্সিবা,
পরেং পরেং লেপ্লিবা,
শুক্লা কি তুজুংনফম।
চীঙগী হরি খোঞ্জেলনি,
অহিং নুংথিল খায়দবা,
নিং নিং নিল্লিবা।
চীঙু খোইয়ুমগীদি খুন্দিন্নফম,
পোম্বি চেক্লাগীদি কায়দোংফম,
শাবি শানৌগীদি নুংওনফম,
নুংশি লৈপুল শেম্নফম,
হরাও পুংনি মফমসে।।

(নুংথিল)

(অমাইবীনা লাইবৌ জগোয় খুৎথেক কত্তুনা হরাওবা হৌবা, হরাওবা মখন্দি 'য়ুম ফম্বনি', ঔগ্রি লায়রোল শক্কুনা চোংম্ৰী, লাই কাংজৈ শান্নবা, লাইবুংগী হৌনবী থৌরম কায়দনা পাংথোকই)

অমাইব (অরোয়বদা) হে খোইয়ুম লাইনিংথৌও, নদাইরেম পুম্নমকপু চাহোং ঙাহোংবা, পুন্সি নুংশাংবা, ব্রাথোক লাম্থোক্তবা, শাপাও লালপাও লাক্তবা, মহৈ মরোং

চূপ্পা, নমু মীরাই তাদবা কাওরেন শল্লাই তাদববু লনকুবীরমলো।

নিংথৌ — মোইরাং চাহোং ঙাহোংলগনি, নিংথৌ ঐগী পায়মসে খৈনা পেল্লে, অদুম হেক্তি ওইরগা ঈবুধৌ ঈবেন্ধৌ অনিবু ঈকৌখৎপা ব্রাংলেন্দা, ব্রাকয়ৈ হিরেন কৎলকখিবা ইদাইরেম খুৎহৈবদুদি মকাও থিনা কাওখ্রেদনা, খুন্থক খুনখা কানাদি ইদাইরেম্বু শকখংবা লৈবরা?

নাইজ হনবা — নদাইরেম পুনেমজরি।

নিংথৌ — ইপু নাইজহনবা !

নাইজ — ইনিংথৌ, খুৎশুহৈবা মদাইরেমদি, খুন্থক ঐগী লৈকায়নি, লাংলেনহনববু কোলোয়জেদো, ইনিংথৌ। (খোইজুহোংবা ঙকপা)

নিংথৌ — কদায়, কদায়, ইদাইরেম মাদি লাইবুং কারক্তবরা?

নাইজ — লাইবুংগীদি অব্রাং লাইনা পাংবা চিদাইদা, তালোয় মরুন্বীগা মোং হাদনা ফমজরিদো, ইনিংথৌ!

নিংথৌ — খোইজুহোংবা নিংঙোল্লাকপা .....!

খোইজু — পুনেমজরি লৈমাবা।

নিংথৌ — ইদাইরেম লাংলেনহনবা অমদি মহাক্কী তাল্লোয়গা লোইননা নিংথৌ ইনাক্তা কৌশিল্লকউ।

খোইজু — ফগনি ইনিংথৌ (চৎখিবা উনবা, ঙকপা) ! ইতাও নুংশিবা, করি মতৌ কৌবগে! (কোনশিন্নবা) ইচল-খোইদোম!

খোইদোম ইবুং!

খোইজু ইনিংথৌ পুনেমজসি, খোংদোয়রসি।

লাংলেনহন লায়র ফিমল অসিগা ইতিক নচ্চদেদো ইতাও।

খোইজু ইনিংথৌগী ময়াথংদি থিম্থুফদরে (চংমিন্নবা)

লাংলেন
খোইদোম } য়োল্লবদা ঙাকপীগনি, ইনিংথৌ! (খুরুম্বা)

নিংথৌ ইদাইরেম !

লাংলেনহন ইনিংথৌ।

নিংথৌ খুৎশু হৈবা নওহাক্কী ব্রাকয়ৈ হিরেল য়াইফবা, চীঙ্ঙু খোংনেৎ ওইখিবা, নিংথৌ ঐগী পায়মসে খৈনা পেনখরেনেহে, ইদাইরেম।

লাংলেন
খোইদোম } নরনকুনিদো, লৈমাবা !

নিংথৌ কাওজ মমল নাইদ্রবা, হিরেলসিগী মতিক চাবা খোংঙাদি নিংথৌ ঐনা পিঙল্লোইদো।

লাংলেন লাইর অদোল তাম্বনা চীঙ্ঙু মখোংখাদা হি য়াই কৎচবা ঙমজদবনা, খুৎশু ঐগী হৈজবা ব্রাকয়ৈদুবু কৎচবনি, কাওজ মমলদি পামজদেদো, লাইনিংথৌ।

নিংথৌ কদায়, কদায়, নিংঙোল্লাকপা

খোইজু ইনিংথৌ।

নিংথৌ চীঙ্ঙুগীদি শান্নচৈ, কাংহু হিজন হুই থাদবা, মাইবহনদা পুথোকহল্লকউ।

খোইজু নয়াথংনিদো লাইনিংথৌ (চৎখিবা)।

নিংথৌ মতিকচাদে খনগনু, হি য়াই চেল্লবা কাংহু মাবু থাদ্রিঙৈ, তিলমু লাইমু ফত্তবনা চংবা ঙমদবনি।

মাইবহনবা (মাইবহনবনা কাংহু পুথোক্লুনা কৎপা) লৌবিরসি ইনিংথৌ

নিংথৌ (লৌবা) অচানবা, খোংঙা ওইনা লৌজরোদো (পিবা)।

লাংলেন ফিগাওশানা য়াজরে, ইনিংথৌ। (লৌব্রা)

নিংথৌ ঙসি কৌবা নোংদগী ঈবুধৌগী কোলোয় মিংমান্নবা, তলা পামেল পোপতেক লৈ, থাংজিং চিংমায়দ হৌরিবা অপাম্বা তলা য়ান্দুনা ব্রাকহৈ হিবু শাজবো, তরেৎকী সেনপোৎ তাঞ্জরো, কুমজা খুদিং লেপ্তুনা চীঙ্ঙু হরাওবদা হিরেন কৎপা ঙমজনবা চীঙ্ঙু চেৎনা থৌগন্নসি (খুরুম্বা, চংখিবা)

খোইজু 'ইতাও'! (খোইজুহাংবা অমসুং লাংলেমহনবা কোন্নবা) 'ইতা'! (খোইজুহোংবী অমসুং খোয়দোম কোন্নবা)।

লাংলেন লাইর অদোল তাম্বনা মিরক মিশা তিনবা ঙমজদবনা অকাও পরৈনখ্রেদো, ইতাও!

খোইজু নাব্রা পুংকক চাওরফাও, চেন্ন চোংনা শান্নমিন্নে।

খোইজুহোংবী শান্নমিনৈকো, ইতা!

খোইদোম ইতা!

খোইজু নুংশি মরি তৎতনবা, অকাও পরৈ চন্দনবা, পারি শাৎনরগা, ইমোম ফুইনরগা পুক্সি লৈপুন শেন্থিসি ('শেন্থিসি' "ইতাও" "ইতা" কোন্নবা)

মাইবহনবা ঔগ্রি হংগেন চোংদুনা হরাও মথোয় কারসে (ঔগ্রি চোংবা)

১/৫

## খোইদোম লুখ্রাবীগী য়ুম

হোদ্রোং হোরাওবা খাংপোক্লি
তৃংলি ঈখেংগুম লৈমায়দা
য়ুথরকপা লাইজনা খাংপোকথক্তগী
কুমগী নোংলেন্না য়েবদা,
কায়ফদ্রবা মথৌ পাংলিবা
নোংদোনথক্তা ঙাল্লিবা
নুমিৎ থা থৱানমিচাক্লা
খাংপোকসিবু উঙল্লিগদ্রা হরাওনা?
তাইবং লোনচৎনি খংজনা
খাংজবিদো খাংপোক্লুংদা খোইদোমশু
চাবা মচেৎ, হিংবা মচেৎ,
চীঙদা কাদুনা শিঙচনবা,
পাৎতা কুমদুনা ঙাথিবা,
তরাগী শেনপোৎ তাঞ্জবা,
য়ামজেন লাইবকপু পুজদুনা
পারি চাওদা অপিখক
পাগী শারেপ ফাদ্রিফাও
পুগী ফিরেপ তানদ্রিফাও
ঙাইজরিবী খোইদোম লুখ্রানি।।

(অয়ুক)

খোইদোম (খুৎতা পোংলাং) পারি, ইমাগী পারি, হি ! পারিদি কৈদা চৎখরে (ইমুংদা চংদুনা য়েংবা, থোরকপা) পারি হেঞ্জুনহা ..... !

| | |
|---|---|
| হেঞ্জুনহা | (মপান্দগী) পলেম (শিঙবুল অমা পুদুনা চংলকপা) পলেম |
| খোয়দোম | পারি! ইমানা চৎথোকখ্রিঙৈ, ইপাল্লাংনা খোংকাপ নাওহ্নল তমগনু হায়রগা তনৌরিবা নৱা নঙনা চিঙদা কাদুনা তরেৎকী শীঙজা থিরুরিবা করিগীনো? |
| হেঞ্জুনহা | পলেম নঙবু নুংশিবী, নপারি পাঙ্গল শারেপ ফারক্লে, পলেমগী নত্তেং পাংজরগেবা ? |
| খোয়দোম | কেগে কল্লক চাওবনি, মোইরাং য়েংথি য়াম্বনি, ইমানা চিনগোইরেদনা, পারি। |
| হেঞ্জুনহা | মোইরাং খুম্বুক খুনখা মমাংদা পলেম্মা চবা তানবসি ইকায় ফিরুক খুল্লেদা, পলেম। |
| খোয়দোম | খাংপোক খন্না ঙাংনজসনু, পারিনা পামেল উশা য়ান্দুনা তরেৎকী শীঙজা থিবদি হোয়য়া পিঙমখিরোয়কো পলেম্মা। |
| হেঞ্জুনহা | পাখং কাংদোং ফারফাও অথিং পরৈনববু করি ৱাবু লৈবগে? পলেম ! |
| খোইদোম | অদুই ৱাবু নিংশিংলু, থম্মোয়নুংগী ৱামৈদি, মৈরিথোক্না চাক্লক্লেদা। পারি ! |
| হেঞ্জুনহা | পম্বৌবু হংলাক হামফোইননা তম্বা কনান। য়াইৱী লৌখিবরা? পলেম। |
| খোইদোম | নত্তে, কনানগু লাকচ খুদুম চনখিদে। পারি ! |

হেঞ্জুনহা — নপারিদা লোম্ভুপ লোনজানবীগনু, পম্থৌগী য়াইবী করম্ন বু লোমখিবা?

খোইদোম — নোংদম্বা মানা নোংদম থিনা তম্বিরমখ্রবা অদুইনোংগী ব্বারিবু নব্বা নংঙোন্দা করম্নবু পাউদম্লসিগেনে, পারি! (কপ্পা)

হেঞ্জুনহা — পম্থুবিরগনু, নপারিদি ঙাইঙম্লকখিদরেদা পলেম।

খোইদোম — অমং যাইথোং কুম্লমদাই, অশুম্নবু পাউদমলম্মী!

(ব্বারি)

লাংলেনহনবা — (মপান্দা শীঙ য়ান্নবা ফি শেৎপা খোংউপ তোংবা) ..... ইশানৌ ......

খোয়দোম — (ইমুংদা) ইশাবী ...... (চেম্থোরকপা)

লাংলেন — পাবিদিনা হা ...

খোয়দোম — পারিদি খোম্লেন য়াহৌদ্রিয়ে।

লাংলেন — হি কবি নোংগীনো, পারি মশা ইবিবরা?

খোইদোম — পারি কবিশু তৌদেদা।

লাংলেন — ইয়া, করিগী য়াহৌ অশুক থেংহনবনো? নুংতি নুংবুম খুদিংগী মপল পম্থৌ ঐহাক্না পামেল য়ানবা চৎলমদাই হৈবি হৈজাম্পেৎ হেক্লকউ, পারি মানা ওইনজবদু উখিগনিনা হৌজিকশু।

খোইদোম — অচুম্বা য়াব্বানিকো ইশাবি, পারি ওইবনরা, মপন পম্থৌবু থোইনা নিংজৈদো।

লাংলেন — ইশানৌগী য়াৱাসিদি, ইমোম ওইনা ফুইরম্বা থোক্লবা, পলেম্বু থোইনা নিংলমগনি অসিরা?

খোয়দোম — মশানা তাবা নত্তরো (নোকমিন্নবা)

লাংলেন — ইহে, তাংলৌ লৈনা থেংখিনি, পাবি য়াহৌহল্লু, পুকমেল পাউমেন্নরমগে।

খোয়দোম — ফগনি, পারি (ইমুংদা চংখিবা) পারি হেঞ্জু, পম্বৌদি পামেল তলা য়ানবা খোংদোয়গিদৌবে যাহৌরোনে পারি।

হেঞ্জুনহা — (ইমুংদগী) পাম্বৌ (চেম্বোরকপা খোইদোমশু থোরকপা)

লাংলেন — (মপান্দা) পারি ! (কোনশিনবা) কৈদৌনা যাহৌ থেংবনো? থাংজিঙ চিঙজাও উমংদগী পারিগী হৈবি হৈজাম্পেৎ হেক্লক্কে, পম্বৌনা হলৱাইরকপা ৱাংলেন্দো পলেমগা ঙাইমিন্নরম্মুকো, পারি।

হেঞ্জুনহা — পম্বৌগী তুংবু ইনগেবা, পম্বৌ !

খোয়দোম — ইমাগী পারি নুংশিবা, চাওবা মপুং ফারো, পম্বৌগী তুংবু ইন্দুনা তলা য়ানবা চৎপদো ইনিং থিৎনা য়েংহৌগে।

লাংলেন — পারি নুংশিবা, ইশানৌও নুংশিবী অথেংপরৈনরক্লোই, খোংদোয়রুখিগে (থোকখিবা)

খোইদোম
হেঞ্জু — য়েংহৌবা

(উমং)

নোংলেনহনবা (মখুৎতা শীঙজং পায়বা) ওস্থোকইদা শরিসো, ইনিংথৌগী মগাইদা, হিরেন অমা কৎচগে হোয়ারুবদি, পামেল উজাও নাচুম্বা অমফাওবা মফংদরেনা, কোরৌশু নারল চনখিদৌরে করম্নবু তৌশিবা, (উরকপা) ও! অতাম্বা চীংমায়সিগী ঙাঙাম হায়থরকপদা তলা পামেল নাচুম্বা অমখক্তি উরেনা, (চংশিনবা) কয়াদা নিংথিজখ্রবা মপাল মউনো তনাপ, তনাপ, তিনজা লৈচাদবে, ব্রায় মঙানবু কোন্থুংলরোয়, নুংঙাইবেদা শরিসো, হিরেন মঙাদি থোক্লনি, চীঙ্গুনবু কুবিরে (য়ানবা, ঈ থোক্লকপা) হি করি মতৌনো ! (নোম্লকপা খোং লাওবকপা) পলেম, (চেল্লকপা) ইশানৌ ইবেম্মা, খোইদোম লৈমা ..... নঙবু তাদববো ...... (শুমাং য়ৌরকপা, তুন তুনা ইচুম তাফম য়ৌবা) ইশানৌ নুংশিবী... নশাবি ওইবা ঐহাক্তি খোংথাং খুরৌ থাংলক্লে, শামা পাঙ্গল শোন্থরক্লে, মিৎয়েং মমি শাম্লক্লে, খোঞ্জেল থোক্লক্তরে, নশাবিনা কৌবসি তারবদি ইপাল্লাংনা থোরক্লো, ইশানৌ ... :

খোইদোম (চেম্থোরকপা) মাংলে মাংলে (কোনখৎপা) শাবি মাঞ্জ পাম্মুবা, ননাওগী খোম্লেন মংলানচাবু তাইবং মংফাংওনরবরনে নুংশিবা, ননাও লাইবকচাওবি লৈজরে, মোংবা ইরান্নুংদবু চংলসিনে নুংশিবা?

লাংলেন ইনেম্মচা ......!

খোইদোম কাংথোল য়াইরি পাবনথক্তা খোল্লেন শাংনা তুমখুন তা দ্রদুনা, চুরি ইচুমতাফমসিদা য়াতাববু করি মতৌ কৌবগে?

লাংলেনহনবা (তৎলপ্না) ইশানৌঃ ইপারি নাওব্না চাওদ্রিবসে ইপাল্লাংনা থোকহনগনু, চীঙ্‌ঙু মথি ফোংবনি, শীঙজা তরা থিফরোই, নুংশি চান্না মিকুপ নাওহুন শেন্নরকউকো নুংশিবী, (মপাবিবু কোনবা) পারি ......... ইশানৌ ...... (শিবা)

(লিলা হঞ্জিনবা)

(মমা মচা কপমিন্নবা)

হেঞ্জুনহা ও! নোংদম থিনা তম্বিখ্রেদা.....।

খোইদোম অদুই ব্রাবু লৈবনা পারি নঙনা পাখং কাংদোং ফারে হায়রসু লাইফম তিনফম খংখিরোই, তিল্লম লাইরম খংদনা চীঙদা কারগা শীঙচনবা, পাৎতা কুম্লগা ঙাথিবা, য়াখিরোইকো, পারি।

হেঞ্জুনহা পলেম, নোংদম্বা মাগী নোংদমখোনদি কনানদি ককপা ঙমগনি পলেম, মোংবা ইরানয়াইদা লৈরশু, ইপাল্লাংদা লৈরশু, তাইবং চেংজেলনা লোইরবদা অমং য়াইথোং কুমগদবা ঙাক্লিনে, পলেম।

খোইদোম নঙনা অদুম হায়রশু, পারি নঙবুদি লৈকায পনবান লান্না লিশাং-থাবদি ঙমখিরোইকো, পারি !

হেঞ্জুনহা পলেমগী খোল্লাং লমন্দি মপারি মমোম পুম্বনা মপোক কয়াদা শিংঙমদে হায়নৈদো, পলেম !

খোইদোম — পারি নংবু পলেমগী ফৈরা তাজিন্থক হংঙা মিকপ্লিবগুম হৌজিকসু উরিনেহে, পারি !

হেঞ্জুনহা — শামা পাঙ্গল চাওরক্লে, ঙসি কৌবা নোংদগী চীঙদা কাদুনা শীঙচনগে, পাৎতা কুমদুনা ঙাথিগে, পলেম নহুৎ শিন্নবু তরাগী শেনপোৎ তান্দুনা, পলেম নঙবু চাকথাকচবগেদা, পলেম।

খোইদোম — পারি নঙন্ন যাবা কৌবা লৈত্রবনিনা, চীংগু খোইয়ুম থাগোম্নৌ, নখৌদাংর্দি পাংজরো, অদুবুনে পারি, নাপ খোয়জংনা তিল্লাং থয়োৎনা তাওনেহে, লৈহল্লি হায়বা তুবেন্দদি লম্লৈমা কয়াগী য়াথোকফম্নি, হেল্লোয় মখোযবু লমওক্লরবদি শমু মায়বু ওন্দুনা তন্না ইরানয়াযদা হলব্রাইরক্কদবনি, মুক্লহৈদেকো, পারি।

হেঞ্জুনহা — পলেম (খুকম্লগা চৎখিবা)।

খোইদোম — শিনপাংজরুরো

## ইন্টরমিসন

২
―
১

## লাইহল্লি তুরেল

লৈনুংদা ঙানবা মনিগুম,
চরোং তুম্মৌনা শয়োমশা,
তোর্বান অনিবু কুপশিনবদি
ঈরাওখোলবু লোৎলিব্রা?
চীঙ্গুগীদি চান্নজরবী,
লাইহল্লিবু মিংগৌবী !
তোরৈ থেক্লবু চেন্দুনা
নশাবী থাংজিং চীঙশোম্বৈ
খুয়া থম্বালবু চামজরিব্রা?
চীঙ্গু থাংজিং ইকৌখৎ,
স্না ফম্বাল থেনগাঙৈ,
খোইরা ঙাঙোই লম্লৈমশিংগীদি
য়াথোকফম্বু ওইরেদো।

(অয়ুক)

(লাইরৌলেম্বী মতাশিংগা চিংহি শম্বাল লাংমিন্নবা)

লেম্বী খোইনৌখোয় !

ময়াম খোইনৌ।

লেম্বী ঐনা খোইনৌগী শমদোল সে থাংগৎলগে....

তোনু ঐনা লব্বাই কোইরেলথক্তা চিংহি থারগে....

লৈশং ঐনা শম্লাং থুংনা নৈরগে

লেম্বী — অদুদি ঐনা চিংহি চফু থাংগৎলে (চিংহি লুবীবা নোকমিন্নবা).......

তোনু — খোইনৌ লৈশং, শন্নাং অমত্তফাওবা কেনফদেকো....

লৈশং — হোয়নেহে, করিগুম্বা কেনখিবা থোক্লবা.....

লাইরৌলেম্বী — ঙাইখো কৈদৌই হায়বগে?

লেম্বী — লাইজথক্তা তাথখ্রবদি....

লাইরৌরেম্বী — (পাখৎপা) লাইব্রা লৈব্রা হায়মী, খোইনৌ !

তোনু — অহকপা লাইব্রাবু লৈবনে।

লাইরৌলেম্বী — খোইনৌখোয়! শন্নাংকাদি কেনখিদেকো, পায়মসি খৈনা কিতুচুংলেমী।

য়াইনু — তোরৈ তিংনা পুদুনা লোক্তাক্তবু তাখ্রবা মফৈদো...

লেম্বী — শকহেনবা পাখং কনাগীবু মখোংদবু হেক লৌরুথোক...

লাইরৌরেম্বী — অদু ওইহবেকো চিঙ্খিবীশা (নোকমিন্নবা) থম্মোয় মিহুল চোংলুরেদনা। (ঈথক চাওনা লাকপা) হি !(পাখৎপা, চেনখৎনবা)

ময়াম — ইস .... ঈথক ইপোমসিদি ....

তোনু — (পাখং অনি অথাপ্পদা হি হোল্লকপা উবা) ওম্ছোক্লবু পাখৎলুরেদনা....

ময়াম — করি উরে খোইনৌ (য়েংবা)

তোনু	তু, অতাম্বদা পাখং অনিসিগী হিহোন্দা ঈথক হৌবনি।

ময়াম	মানি ... হৌবনি, হৌবনি।

তোনু	থম্মোয় তনিক তনিকহনবা, হে হে লেম্না খক থাফদে।

ময়াম	করি মতিক লাক্লসিগে?

লাইরৌলেম্বী	নিংঙোলগী মপোক্কি ঐখোয়দি, মোংবা ইরানয়ায়দা কারসে ?

লৈশং	তম্বা লমহেনবা কনা কনানো? পাউহংখিসি, খোইনৌ লেম্বী নঙহাক্তী শৈশক শৈদা হৈবিনি, অমুক্তা পাউহংবিয়োবা।

লেম্বী	হৌরগে?

ময়াম	হৌরো হৌরো ....

লেম্বী	হো ইবুংঙো....
পোইবৈ অতাম্বদবু হিহোনবা!
নিংওল ওইবি ঐখোয়না
চিংহি শম্বাল লাংববু উদবরা?
য়াব্রা ফিগৈ শেংঙো শেংঙো, লম্লানবা !

লোয়া	হা ইবেম্মা !
চিংহি শম্বাল লাংলিবী,
ইমু ময়োলবু শংলিবী, শানৌখোয় !
চীংগু নিংঙোলনি খংজরুদে,
য়োল্লবদবু ঙাকপীয়ুদা, শানৌখোয় !

লেম্বী — হো নমু তাইবংবু অপংবা !
ৱাকয়ে হিবুদি য়াংনা থৌ,
নিংঙোল নাক্তবু থুংলরো,
নরাল পুম্বা ঙাকপিগে, তাইবংশা ! তস !

ময়াম — অদুনি (নোকমিন্নবা)

হেঞ্জুনহা — হিমায় লৈরসি পাথৌ, অকি তুচুংলে।

লোয়া — তিলতায় লাইতাইরমদনা হনবদি তিনজু লাইচুগনি, পাথৌ। (থৌজনবা)

লাইরৌলেম্বী — থৌজল্লক্লেমী, কারসে।

ময়াম — শকউদনা হনবদি, নিংঙোল অনিংবা থুংজরোই।

লোয়া — (হি থুংলবা কুমথবা) লাইমোম ওইরবোই পাখৎলুরেদা, সরিসো।

লাইরৌলেম্বী — (হেঞ্জু উবা) হায়মা তোনু ... (মনগন্দা ফুবা)

তোনু — খোইনৌশা! খোইনৌ লাইরৌলেম্বীসে লাইওক তিলওক্লরবা মাল্লে, অয়ো শাগলসে তেকলেমী, ঐবু ফারেমী অমুক্তা চিংথোকপিয়োমী....

হেঞ্জুনহা — পাথৌ !

লোয়া — করিনো? কিরবরো? চংশিল্লকলিবসিবো, হল্লশিরো? (লাইরৌরেম্বী হেঞ্জুনহা মিৎ কুপ্তনা য়েংনবা)

ময়াম — (লাইরৌলেম্বীগী মমিৎ মপান্দা খুৎ হায়বা) খোইনৌ!

লাইরৌলেম্বী — কৌদৌরে, তখৎপিশা !

ময়াম (নোকপা) ঐখোয়দি তখৎপিনিনা কারম্নগে। (চৎকে তৌবা)।

লাইরৌলেম্বী শাওরবরো খোইনৌশা (থেম্বা)

লোয়া পাথৌ !

হেঞ্জুনহা (খুমদবা)

লোয়া (কন্না) পাথৌ !

হেঞ্জুনহা (খংবা) ঐবুরো ?

লোয়া অসোমদনিদা।

লাইবৌলেম্বী খোইনৌশা কারসি (য়েংনা য়েংনা কমিন্নখিবা)

হেঞ্জুনহা (য়েংতৌবা) পাথৌ, অমুক্তা ....

লোয়' তান্নৌ হায়ব্রো ?

হেনঞ্জুনহা পন্থৌ কনাগী মমোম্নো? ও উখিদবে ....

লোয়া অদো পাউহংহৌদরে, তোর্ববানসিদা য়াবেকহৌরগে হায়বরো"

হেনঞ্জুনহা পাথৌশিমা, ফবে, কোবৌসিশু ব্রায়শিল্লক্লে, পলেমনা নুংশা থিবম্লগনি, হলব্রাইরসি। (হি হোন্দুনা হনখিবা)

২
―
২

## হৈকোল-লৈকোল

হৈরাংনা লল্লপ লল্লপ
পরিং নাইনা হৌরিবা,
চাইগোই অদুগী ঙমখৈদা
য়াম্থরি নেম নেম,
শমু খুৎনা লামঙম্বা
খোয়থুম্লবা উহৈ ব্রাহৈশিং,
পরিং অদুগী চাইগোইনুং
পন্দুপ পন্দুপ শন্দোক্লিবা,
ফুগায়না শাৎপা লৈরাংশিং
য়েল্লি হৈনম লৈনম,
পুরক্কুনা মলয়া নুংশিৎনা
তেখৎহল্লি চোকথরবা তাইবংবু,
খম্বলঞ্জরি হৈরাং লৈরাংবু
খোইহি পাম্বা খোইরাবশিংনা,
খোংলি ঙংলি খোয়রাংনা
শোকপিনু নৈহৎপিনু মতাগুম,
শাবি শানৌগী নুংওনফম,
শীঙথাবনা ব্রাৎলগদবা চাইগোইনি॥

(নুংথিল)

(লোয়া, হেঞ্জুনহা কোইয়েং য়েংবা)

হেনঞ্জুনহা    পাথৌ, লম্লেন স্বাইদবু ওইরিগদ্রা? শকউনিংবনা খোয়রাংলেদা।

লোয়া — উম, লম্লেন স্বাইদা ওইগনি, ব্রাংলেন খর ঙাইরগা তম্বা অমা উনবদা পাইহংলসি।

হেনঞ্জুনহা — কোলোয় মিংলেনশু খংদবা।

লোয়া — পায়মা খৈনা চিংনগনু, চীঙ্গু থাংজিং থাগোম্নৌ, সোয়দনা কুবিগনি।

হেঞ্জুনহা — হে চীঙ্গু থাংজিং কোইরেল্লাই, ননাই ওইবা ঐখোয়বু থৌজালবিয়ুকো (খুরুম্বা)।

লোয়া — এ ... চনু নিংঙোল অনিদি মাইকৈ অসোমদা পাংলক্লে, ঐখোয় লোৎলগা মতৌ য়েংলসি

হেঞ্জুনহা — পাথৌ .....

লোয়া — ঙরাংগী নিংঙোলশিংদুনি

হেঞ্জুনহা — মানি..., থৌশিল হৈবা পাথৌনি, কাংলোল কায়দনা শিল্লোকো, উজাও মরুমসিদা লোৎলুরশি (লোৎখিবা)

(তোনু লাইরৌলেম্বী, উচেক তানবা)

লাইরৌ — য়া-হো-হো-য়া

তোনু — (খুম্বা) য়া-হো-হো-য়া (মাইকৈ শুনা তানবা)

লাইরৌ — হাদা উরিৎ নাপংবী
নমানা কৌরে তাদবী
নপানা কৌরে খুমদবী
য়া-হো-হো-য়া

(অব্রাই-অখুম চেনমিন্নবা, শকমিন্নবা)

লোয়া ঐখোয়নে ইচনখোয় !

(লাইহৌলেম্বী, তোনু খংবা, নাকল খংদনা চেন্নবা, থেংজিন্নবা, চেম্থোকখিগে তৌবা, হেঞ্জু লোয়া থোরকপা, মশক খংলকপা)

তোনু
লাইরৌ হায়মা...। (চৎকে তৌবা)

লোয়া ৱাংলেন ঙহাক্তংদি য়াৱা ঙাইঙম্বীখোবা ?

তোনু চিনগোয়বিয়ুদা, ইবুং!

লোয়া কোলোয় মিংলেন খংনসিবা?

তোনু নচনগীনা 'তোনু' খোইনৌগীনা 'লাইরৌলেম্বী', তস!

লোয়া থোইনদুম খোয়থুম্নেদা, পাথৌ ! ঐগীনা 'লোয়া' পাথৌগীনা 'হেঞ্জুনহা', কমদৌই?

তোনু হেম্থোইনবু খোয়থুম্নেকো, খোইনৌ !

লোয়া চীংঙুলাইনবু শিনবিবা তানফম্মী, লেম্নবু মাংফদে, পাথৌ ঐখোয় অনিদি ঙরাং কৌবা নোংদুদা নিংঙোন ওইবী নখোয় অনিবু উরুবা ৱাংলেন্দগী থম্মোয়নুংদা নুংশি কিশি কিখরে।

তোনু চীংঙুনবু থৌজানবিরে, খোইনৌ ঐখোয় অনিশু পাখং নখোয় অনিবু উরুবদৈ পোত্থাফম্বু খংজদে, অশুম ঙাওচৎনবনা মফমসিবু য়ৌরকপনে।

লোয়া পুংবা পুংবা শেৎনসি, থম্মোয় কিশি থোক্লসি হায়ববু?

তোনু নোংগৌবী কৌবি চেক্লানা লাইজ ঈশিং ঙাইবগুম.....

লোয়া পাথৌ !

তোনু খোইনৌ ! (থোকমিন্নখিবা)

হেঞ্জুনহা শকহেনবী! নুংশি চেংলৌ উরুবা, পাখং থম্মোয় নুংওন্নে, নুংশিবনা হাল্লুরে, শকখংবনা কোল্লুরে, পন্থৌ কনাগী মশাইকোন্দবু শাৎপীনো? য়াব্রা ফিগৈ শেংবিয়ো।

লাইরৌলেম্বী মোইরাং লৈকোয়পুংসিগী নিংঙোল্লাকপা খোইজুহোংবগী অমত্তা শাৎপি মমোম্নে।

হেঞ্জুনহা হি ..! লাইর অদোল তাম্নবা, লুখ্রাবীগী মপারি হেঞ্জুনহাদি থিক নেম্বনা অতিয়াদা থোকপা থাজবু লাম্বগুম থোক্লেনা !

লাইবৌলেম্বী করি যাব্র: কৌবগে'? লাইরবা মপাল থাবরা'? ইনাকখুনবা মউ লিংবরা? পাখং নওগী শক্তমদি নুজাগী থম্মোয় লকাদা মুৎনাইদ্রবা মচুনা য়েকখরে।

হেঞ্জুনহা শিঙেল লৈরাংগুম কোলোয়জগে, পলেম পন্থৌবু কিজবনে, শিঙেল লৈশকশু খংদ্রিঙৈ, নুংশি লমজংফম খংদনা য়াংদৌ লম্মুক্লদুনা তোক্লগদ্রা? খনজরুবনি।

লাইরৌলেম্বী খোইমু ওইবা মরমচৎ, তম্বা ওইবা মশিঞ্জ্র" নুজা লাইবক চাওবিগী নুংশি মায়রোং য়াবিরোইদা খল্লুবগী কিজবনি।

হেঞ্জুনহা মপোক মপোক খুদিংগী লেংদ্রবা পামেলগুম নুরা নাক্তা হৌজরগেকো, নুংশিবী !

লাইরৌলেম্বী নিংঙোল লাইবক চাওবিনা উরি মাগী পান্দম লৌ, উতোন লোম্না য়েৎচগেকো, নুংশিবা !

খোইজুহোংবা ইয়া, ইমোম ! চেনখিগনু, ঙসি ইবুধৌ হরাওবদা নিঙোল ব্রাৎলি ব্রাথিতা, ইমায় ফিরুক খুম্বদি ইমোম নগুনা অসুম্না ব্রাওইদনা লৈথোকপকো !

লাইরৌলেম্বী নমোম লাইমন কাংবগী লৈকোলসিদা পোত্থাজরম্বনি, পম্ব্রৌ!

খোইজুহোংবা নপাং কনা য়াওদনা চরৈ ফিমনশেৎপা পাখংসিগা করিগী পুকমেন পাউমেন্নবনো? ইমোম !

লাইরৌলেম্বী ইবুং পুকচেল চাওবনা ইদোম তরক লৈববু লৈকায় মিশৌ চংগনি, ঙাকপি শেনবিরিবনি ; পম্ব্রৌ!

খোইজুহোংবা পলেম পম্ব্রৌ কনাগী মপারিনো হে, লম্লেন খুন্থক্লা? খুনখারা? য়াব্রা ফিগৈ শেংঙুহে তম্বা (তোনু, লোয়া লোৎতুনা তাবা)

হেঞ্জুনহা পম্ব্রৌ নাওয়োক হাংলবা, পলেম লুখ্রাবীগী মপারি খুন্থক মচানি, অঙম্বা !

খোইজুহোংবা লৈশক লৈচু হেল্লবী, ইমোম মদোম পোকপিবু পিদৎ পাদৎপা নংগুম্বনা অপাম খোংদামিন্নগে থৌরাংবদি নিংঙোল্লাকপা ইতিক খংদবরহে ?

লাইরৌলেম্বী পম্ব্রৌ !

খোইজুহোংবা ঙসি কৌবা নোংদগী ইমোমগা চিল্লোক্লরম্বা থোক্লবা, পলেম লুখ্রাবী মথানুংদগী শেৎনগনি কাওগনুহে, চৎখ্রো চৎলু। (হেঞ্জুনহা চৎখিবা)

লাইবৌলেম্বী — পাখং মাগী মবাল ........ ?

খোইজুহোংবা — নপন পন্থৌ ঐহাকশু পাখং মতম ওইবকখি, নাপ শিংজা য়ৈবগুম থোক্লে, মাং থাদুনা খোংদোইযু (চৎমিন্নবা)

লোইযা — (লোৎপদগী থোবকপা) কবি ওইবসিগে? চান্নবী ! পাখৌ মহাক্তি তাংজ ফিরুক খুমখ্রেদনা।

তোনু — কবিগী অদুক পুক্লিং তযাং তশোযবনো? খোযনৌ লাইবৌলেম্বীদি হেঞ্জু পাখং মহাক্কী নুংশি শক্তম্বু থম্মোযনুংদা উবোং খিন, চাবগী পোবোন চেজেৎ লোনখ্রবনে।

লোযা — ওন্থোকইদা নোংলেনসে, নুজা মশুংলাংগীবু তাথি তাওই তৌবিবা, অথোয নাপল কামল্লি, নিংঙোল্লাকপা .... কবম্নবু পাখৌ মপুক্লিং ফাথকগনি।

তোনু — ইবুধৌ হবাও পুংদোয কাবগী হযেং কৌবা কোবৌদি শিংঙল লৈবাং থিববু খুনখা লেংদি থোক্লেদো, খোযনৌ ঐখোয পুম্বগা অযুক্কীদি পুংজাদা লৈবাং থিবা খোংদোযমিন্নসি, ইবুং হেঞ্জুবু লোযনবিবকউ, খোইনৌ মানা হেঞ্জু পুক্লিং ফাথজগনিযে।

লোযা — অশেংবা যাব্রানি, পাখৌ মাগী পুক্লিংবু নবা মানা ফাঙমগনি, পাখৌ মাবু সোযদনা পুজবক্লে

তোনু — ইশাবী নঙনা পাখৌ ইবুং মহাকপু খনজবগুম, নশানৌ ঐহাক্লশু খোইনৌ মাবু খনজবগুম, নিংঙোল পাখং ঐখোয অনিশু কাওনগুমসে।

লোয়া চেক্তা চেকশিল্লক্লবদি ঐখোয় অনিগী শোয়ফদ্রে (নোকমিন্নবা)।

তোনু ননাওশু ইরানয়ায়দা হনজখ্রগে ?

লোয়া খোংদোয়খ্রোকো চান্নবী (চৎখিবা)।

২
―
৩

## লোইজি লোয়া

চকমোম খাম্বী মৈহৌৰাই,
শিদ নাদ থিনফম,
শিংঙেল লৈরাং থেনগাফম,
উনবী পুকহূ ঙমফবা,
লোইজি লোয়া লম্নুংশি-ও।
ৈলরাং মবী নাইবশিং,
পামেল খাংৱাই য়েৎপশিং,
লোইবী চীঙদোল তেমশিংবা,
পামেল উকা তল্লক্লি।
লমগী চেক্লা খোন্নুংশি,
খোঞ্জেল নুংনৌ থোকপশিং,
নুংওল থোক্লা খোংখৈবা,
তেংবাল মতৌ উৎপরা?
তলা কুঙনা হৌবিবা,
কোবৌ মশেক চঙঙমদবা,
লোইজি উকই নুংওনবী,
লোয়া য়েংলুই খোয়বাংবী,
লোইজি লোয়া পিদোনবী,
শিঙথাবীবগে তাইবং কনানা,
পোকমাবিনি নহাকপু, তাইবংগী।।

(অয়ুক)

(নিংঙোল মখৈ মখুত্তা য়েন্দায় পুদুনা লাকপা লৈ থিবা)

| | |
|---|---|
| লেশ্বী | খোয়নৌখোয় ! ঙসি ইবুধৌগী হরাও পুংদোই কাবগী শিঙেল লৈরাং থিবসিদি শিঙেল লৈচু ফজবা লৈরাং লৈচু হেনবা য়েন্দায় থনবা তান্নসিদো ... ? |
| ময়াম | তান্নসে, তান্নসে। |
| য়াইনু | খোইনৌ লাইরৌলেশ্বী! খোয়দাবা লৈরাং উদবরা মায়থোং মকা লাম্না উদেদা। |
| লাইরৌলেশ্বী | ইতা ! খংদেদা থম্মোয়সে নুংবংনরেদা। |
| তোনু | পাখং মাগী ব্রাখন্দা, লৈরাংশিংসি খোয়দাদরে অসিনিনে? |
| লাইরৌলেশ্বী | খোইনৌখোয়, খোয়দাবা শিঙেল লৈরাং হৌফম য়েংজখিগে, নখোয় পুম্নমক লৈহেক তম্বা হৌবিরো। |
| ময়াম | নশাবীবু ঙাইরুনা শিঙেল লৈরাং হৌফম অচিকপা থিবিয়ো। |

(লোয়াঙম্বা, হেঞ্জুনহ্না অতাম্বদা লাকপা উবা)

| | |
|---|---|
| তোনু | উরেদনা ইতা ! |
| লাইরৌলেশ্বী | ও ! লাকপদি লাক্লেকো। |
| লোয়া | ঙহাক পুংগোয় ঙাইবিরম্লেকো ? |
| তোনু | হোয়দা, নুরা ঐখোয়গী ইথৌনিকো, খোইনৌ ! |

লাইরৌলেম্বী — অচুম্বনি ইতারোয়, নিংদবু নিংলবদি উচুক্লশু চেক্লা খম্ব্রাংচা ওন্দুনা পাইঙম্মী হায়নৈদনা?

তোনু — হোয়দা ইতা, ফম্ববু কল্লবদি ফম্মেন ফংব্রা য়েংবতারেদনা।

লোয়া — অদুক ব্রাহৈ ব্রাতাশু হৈজদে, য়েন্দায় থনবা ঙমহৌরোই লৈ হেকলুরসে ...। (লোয়া, তোনু চৎমিন্নখিবা)

হেঞ্জুনহা — লৈবাং নঙবু হেক্লগা পাখং নাপদা চিন্নিংলুবা লংজববু থোক্লনিদা।

লাইবৌলেম্বী — পস্থৌগী মিচৈ অযাকপনা নশানৌ ঐগী ব্রাখল থাদোকপিগে খল্লবরনে? নুংশিবা!

হেঞ্জুনহা — পলেম পস্থৌ হায়বসে চীঙ্গু লাইগা পাংখক্লি হায়নরিবনিদো, নিংঙোল নঙগী য়াইফ খোংদাফম থিবদি মখোয়গীশু হক লৈতবরনে? চান্নবী!

লাইরৌলেম্বী — পোকপিরবশু মখোয়না, খোংদাফর্মদি পুন্সিগী খোয়দাফমদুনি ঐহাক্কী।

হেঞ্জুনহা — পাখং ইশুংলাংগীদমক নুজা নঙনা মীব্রা মৈশা খাংবদো করম্না য়েংঙমসিগে? ইশানৌ!

লাইরৌলেম্বী — কোরৌ মৈশা ফংলবশু, ব্রাংবল মৈচাক লাংলবশু, পাম্মু নশুংলাংগীনি, নুংশি নহাকথক্কীনি, নিংঙোল শমায় লৈজরোই।

হেঞ্জুনহা কোরৌথক্তা ঙাল্লিবা, য়োইময়াই তাউদল অঙানবা, চীংঙু মানা পলেপ্পসনু, নুরা নশুংলাংগীদমক পাখংশু শমায় লৈজরোই, য়াইবী থব্রায় থাজগে।

লাইরৌলেম্বী | হেঞ্জুনহা | ইশাবী, ইশানৌ (খুৎ পায়নবা)

ময়াম (অথাপ্পদগী) খোইনৌ লাইরৌলেম্বী ! তাংলৌ লৈনা থেংলক্লে, হলব্রাইরসে খোইনৌ নঙগী লৈরাংদি নতারোয় ঐখোয়দগী খাইরগে .....

লাইরৌলেম্বী ফগনিদো ইতারোইশা, ইশাবী-ও নুংশিবা ! ঙসিদগী হৌনা কোরৌ হুম্নি শুবা, লমদা থাগীদি অহানবা থাংজ নুমিৎতা, মালেম লৈনা মমশিল্লকপা, মীশক খংদ্রবা মতমদা, কেগে কনা খংহন্দা, মোইবাং কনা উহন্দ, মোংবা ইরানয়াই, মোম্নুগীদি থাংগ নিংঙোল কাদবু নুংশি পুকমেন পাউমেন্নসি, নিংঙোল কাগী থোংগী নাতি কাংজরমগেকো, নুংশিবা !

হেঞ্জুনহা য়াব্রাদুবু তাজবা পাইমা পুক্লিং নুংঙোনজৈ, চীংঙু থাংজিং লাইবু পলেপ্প, অপাম নুংশি থুংনশি, শরি পন্দোম লেপ্পসে।

লাইরৌলেম্বী | হেঞ্জুনহা | হে চীংঙু থাংজিং! নংনা কুবিয়ু, চীংঙু নঙনা শাখি ওই, অপাম নুংশি থুংনজগে ।

খোইজুহোংবী (চংলকপা) ইমাগী লাংলেন চরৈনু! করি মতৌনো! ইমাদি কিবনা তুচুংলে

লাইরৌলেম্বী পলেম নঙবু নুংশিবী! লাংওন অসিমগীদি পাম্মু মাগী মকাদা নমোম ঐগী অপাম নুংশি খোংদাফম ওইজরগে।

খোইজুহোংবী পায়মা লিংজেল খারবা, পম্থৌ মানা থৌশিরকপা, নঙগী খোংথাং য়েংনবা অসি ওইরেকো ইমোম ?

লাইরৌলেম্বী পলেম !

খোইজুহোংবী পু-পাং শুদবা, কেগে লমজা মচা মাগুম্বদা ইমোম্না করিগী য়াংগোয়গনি, কেগে লৈবাক চাওই, মোইরাং লৈকাই য়াম্মী, অঙম অথৌ কয়াগী মপারি চেংলৌ শক্তা হেল্লবা, পাখং কয়া লৈরিনা?

লাইরৌলেম্বী নুংশবা ইতোম্তগীনি, ফজবা ময়ামগীনি কাওবিরবরা পলেম?

খোইজুহোংবী ইমোম চির্হিবী, লমকেৎ লমহাইবী (খুবাক্লা থাবা), হে পিদৎ পাদৎপা, চৎখ্রো চৎলু (হেঞ্জু চৎখিবা)

লাইবৌলেম্বী পলেম! ঙাইবীখো, ননাওনা হায়জখিবা ব্রাফমদি কাওবিগনুকো, নুংশিবা

খোইজুহোংবী ইমোম (ময়াম চংলকপা) (পাখংশিং চৎখিবা) নশম কোগোক ফোইদৎকে। (পুখিবা)

২
―
৪

## লম্বী লমহাং

পাক্তক্লা শল্লিবী তম্পাক-ও!
অশংবা ফিজোন্না লৈতেংবী,
তুরেলনা ময়ুং কারগা
লবুক্লা মফেল ফেল্লিবী,
পাংনা তম্ফা থিল্লগা
লম্বিনা খ্বাংচেৎ লাংলিবী,
নোংপোক নোংচুপ খা-ৱাং
চীংশাংনা ফিবাল তূরিবী,
লিরি হুম্বা মালংনা
হৈনম লৈনম পুরদুনা
কোরৌ মৈশাবু ঈংথল্লিবী,
চরোং তুম্নৌ মোংশোংনা
ফৈজুপ ফিদা ওইরগা
খাংপোক্তা মোলাং খাংলিবী,
শরোয় ঙারোয়গী য়াথোকফম
লাইহৎলোল শোনফম্নি মফমসে।।

নুংথিল
(মৌ, অহল, অমাইবীনা কুরাক লমদাইবা)

অমাইবী কেগে চাহোং ঙাহোংনবা, মোইরাং খুনজাও লৈচাওনবা, তিল ফত্তবা মাংখরো, লাই ফত্তবা লোৎখরো, মীগা মীগা মায়োক্লগে, লাইগা লাইগা ওনশিন্নৌও, খোইয়ুম লাইশু মীনম চাবিগনো, তাইবং

ইতুং ইম্বিরক্কনো, থাংজ তরেৎ য়ৈনা শাখ্রবা থাঙ অসিনা মালেম লয়ি চিংলিবসিনি, চীঙ্গু হেনজিনবিরক্কনো, খোইয়ুম লানশিনবিরক্কনো, হা .... হুম ... হা .... হুম ... . হা ... হুম, কেগে ইমা ইবেনশা! চীঙ্গুনা পেনবিরে খোইয়ুম্না থৌজানবিরে, কোরৌশু নারল চনখরে, খোইয়ুম শিঙথেকপা, চীঙ্গু শিঙথাবা নুমিৎনি ইপাল্লাংনা থোকফরোই, মোংবা ইরানয়াইদা হন্নরসে, তিনকোক্লে লাইকোক্লে (হন্নখিবা)

(লাইয়াম খুন্দিন্নবা হৌবা)

**(নুমিদাং)**

লাই হঞ্জবা — লাইবুংথৌ, লাইনুবা, মাইকৈ ঙাকপা পুম্নমক শুরেকো?

লাইয়াম — শুরে, শুরে।

লাই হঞ্জবা — শিঙথেক, শিঙথাবা হৌরসে, মাগী মাগী মায়কৈগী শিঙথারো (ময়াম মথং মথং শিঙথাবা)।

খুন্থকহনবা — শিঙশৎকদবা তম্বা অমা লৈরে।

লাইয়াম — তম্বা কনানো?

খুন্থকহনবা — খোয়দোম লুখ্রাবীগী মপারি, হেঞ্জুনহা।

লৌওনবী — ফজবনি, মথ্বায় লৌরুরগে, ঐগী ওইবগে?

লাই হঞ্জবা — পুংজা ব্রাৎলিদো।

খুনখা পুবা — খুনখাদশু নিংঙোল অমা যাওবে।

লাইয়াম কনানিনা?

খুনখা পুবা নিংঙোল্লাকপগী মমোল্লোই, লাইরৌলেম্বী।

খোংবাল লাল্লুম্বা মদুনা ঐগী ওইরগে, ফজবনি।

লাই হঞ্জবা হৌজিক নত্তে, পুম্নমক মতম লাক্কনি, মথং মথং শিঙথাসে।

ময়াম মাগী মাগী শিঙথানবা।

লাই হঞ্জবা লোয়রেদনা?

ময়াম লোইজরে লোইজরে ....

লাই হঞ্জবা অদুদি মাগী মাগী মতম ঙাইবা ওইনা পুন্না চাকচা হৈজামিন্নরসে (পুন্না লা থাবা, চাক হাপ্পা, পুল্লাং লাংবা)।

হেঞ্জুনহা (কাংহু অমা পায়বা) ইস, অকাউ পরৈনরুরেদনা ইশানৌ মাদি কয়াদা ৱানা ঙাইরমগদবা, পলেম! নচানা থাপ্না খুরুমজরি (খুরুম্বা), য়াংদৌ লম্বীশু মমখরে চেন্না চেন্না চৎলগে, (চৎপা হৌবা) হায়! পাথৌ মরুপশিং লমহাংসিদা চাকচা হৈজানববু উরেনা, তাংলৌ লৈনা থেংদ্রিবনিনা, ঐগীশু শরুক য়ারুরগে, তরা চাববু লোইরগা ইশানৌ নাত্তনা য়ৌরগে (ফমথদুনা চাক্লুকয়াবা)

লাইয়াম (চিবোন চিবোন ঙাংনবা) "ঐগীসিদি শিবা কুইরমাল্লে, মহাও য়াওদে", "ঐগীদি তগৎ তগৎ তেক্ল শিবা ওইবতাই মহাও লৈ"।

হেঞ্জুনহা ঐঙোন্দা য়েল্লক্লিবা শাসিদি, ইস, তাইবং মীগী খুৎশানিনা, পাথৌ মরুপশিং নত্তেনা, এ, মখোং অমত্তা লৈবাক তাদে, সোয়দ্রে (নিংশিংলকপা "পারি ইবুংঙো! ঙসি কোরৌ নুমিৎ লমদা থাগী থাংজ অহানবসে তীলমু ফত্তবা লাইমু ফত্তবা কল্লি, লাইয়াম খুনদিন্নগদৌরি হায়না নিংথৌগী পাওবু য়ুমথোং য়েখিদো। ঙসি ইনুংয়াইদগী হয়েং ইনুং ঙান্দ্রিফাও নমু তাইবং কনাশু খরায় থোঙ্গাল লানফদে, খুঙ্গং লানগনু হায়রি, খোম্লেন তুমখুন তাল্লো") ঐদি লাইয়ামগী মখুৎতা য়াইবী মাংবা তারবা !

লাইয়াম হুম মীহিং নম্মী, মিনু নম্মী, নম্মী (মনম নম্নবা)

হেঞ্জুনহা (কিবকপা) ইশানৌ নাক য়ৌরগে (ফুক হৌগৎতুনা চাক্লুক শমদুনা নেৎলগা খোংকাপ লাওনা থাংবা)

লাইয়াম চাক্লুক নেৎলগা চৎলিবা করম্বা লাইনো? হা! তাইবং মীনি। (লাংনবা, লাওনবা )

হেঞ্জুনহা (চেনবা হৌবা) নোংমদা পোকপা মচানা নিনি শিবা হৌনদে, ঙস্লে লাইয়ামগী মখুত্তগী নাম্থোক্লগে ঙমদরে লাইয়ামগা শাথেংনরগে। (কাংহু হাইরকপা)

লাইয়াম হি! হী-য়াই চেল্লবা কাংহুনি শোকখিনি, লাইয়াম নামুংজনিকো। (তান্নবা)

হেঞ্জুনহা মরিংগী লোইবী পাম্লৌদা হৌবা চংবী লারাক শেৎপগুম, পলেম নচাগা শেৎনৌ তমখ্রবোইদো। পলেম!

লাই হঞ্জবা শরোয় ঙারোয় পুন্নমক তাবরা?

শরোয় উঃ আঃ ......

লাই হঞ্জবা মাং তুং য়েৎ ওই থৎচিল্লো থৎচিল্লো .....

লাইয়াম (অকিবা মওংদা ফানবা হোৎনবা) য়াঃ উঃ কেলেঃ গীরিঃ..

হেঞ্জুনহা নুরা মাগী খরায় থোঙ্গান্দা চোংশিল্লগে, ইশানৌ ইবেম্মা নুংশিবী...., নশাবী ওইবা ঐহাক্না নিংঙোল নগাইদা খোংদোয়রকপদি কেগে য়াংদৌ লম্মখাংদা চীংগু ফত্তবা, খোইয়ুম মিনুখাং, লাইয়ামগা লাইওক্লরে, হুয়েল লাম্থেংনরে নুংশিবী! পাখংনা কৌবসি তারবদি মাঙ্গোল খেঞ্জোল্লাংদা ইদুগী মৈরা পায়দুনা নশাবীবু ওক্লম্মো।

লাইহঞ্জবা খবায় থোঙ্গান্দা চোংশিনখিবা তারে, কাংহু শম্বলদা পন্নবা অশাংবা চৈবু পাইখৎলো, খোংবাল লাল্লুম্বা! লাইরক শাথৌবা ! থৎচিল্লো, থৎচিল্লো....

লাইয়াম উ! (লাউনবা, তান্নবা)

# খোইজু হোংবগী য়ুম

-অহিং অথেংবা-

(কাজাও মঙাগী নিংথিজরবা অঙম্বগী য়ুম্নি)

লাইরৌলেম্বী (থোরকপা) অসি ওইরেকো, শকউনরিঙে নুংশি শা, শকউনদ্রগা কাওথোকপা, পাখং ওইবা নহৌশা, থাজরুবগী লৌনমদা, অহিং মিৎসেল খাংলুবদি শিঙেল অরেম্বা, লৈরাং অতিংঙা ওইরবকো, (চংগে তৌবা, লমখুনুনা খোংবা তারকপা)

ঈশৈ

চীঙশোমগী খুনুদি লল্লেমা,
লমগী খুনুদি মৈপুংবী,
চেক্লা নোংদম ওইবীবু নংহাক্লা,
পামেল উশাথক্তবু তোংদুনা,
অবাক অরাক্লন কু ক্রু ক্রু খোংবদি,
পাম্মুবা মপাউ পুরকপরা?
হা, চেক্লা নপাউ শেংলো শেংলো,
চেক্লাচা!

চেক্লা কনাশু উদেনা, ইস! মিৎথক মিৎখা, পাম্বোম চোংলিবসিনা করিগীনো!, তিলমু লাইমু কল্লবা নোংসিদা, কৈদৌনা পল্লেপ্লরুবা! নুজা ইগাই ইতম্লকপদা য়াংদৌ লম্মখাংদবু অব্রা চৈথেং ফংলবরনে, নুংশিবা! ...... হে ইবুধৌ থাংজিং কোয়রেললাই! ইবুধৌ নংনা কনবিরোকো (চংখিবা)।

হেঞ্জুনহা — (লাইরৌলেম্বীগী ঈংখোলতম্মা শম্বল চোংবা) হায় হায় (কাংহু শম্বলদা পনবা হেক তাবগা লাই অনিনা মশম পায়দুনা লোংন থেকপা) ইশানৌ .... (চুরি ইচুম তাফমদা মমায় মখা ওন্দুনা লোংনা তারে)

লাইরৌলেম্বী — (ইফিং ফিংনা) খোঞ্জেল অমা তাখিবদুবু (থোরকপা, হেঞ্জুনহাগী মতৌউবদা চেনশিনবা) শাবি ইবুংঙো নুংশিবা! থংলেন মাঞ্জ পাম্মুবা! ননাওদি করি ওইরসিগে, ইশাবী নঙনা খুলাম তোয়না নশানৌবু কৌবদি খোল্লেন মংলানচাবু ওইখিদো, নুংশিবা! ইশাবী নঙবু য়াওল্লো, নশানৌদা পুকমেল পাউমেন্নরখোবা পাম্মুবা, (খুমঙমদবা) নশানৌদা পাউখুম পীঙমদ্রবা! নিংঙোল ওইবী ঐহাকপু থোংঙাক অশিথেন, মকোয় নুংওনচিংদা ব্রাংলেন খরদং ঙাইবীরমখো ইশাবী। (চেনশিন্দুনা সুরি পুদুনা চেম্থোরকপা) শল্লাং অমনা থোংখোং ওই, শল্লাং অমনা পাম্বে ওই, অশি তুবেল লানবদা নুরা পাখং খুজেং পাল্লোইননা লানমিন্নসি, নুংশি ব্রাশক পন্দোম লোম্মিন্নসিকো নুংশিবা (সুরিনা থম্মোয়দা থিঞ্জিনজবা) পলেম, পম্থৌ! নমোমবু ব্রারৌবীগনু অপাম ক৷দা থুংনজরগে, নুংশি কাদা য়াংগোয়জরগে (তুথখিবা)

খোইজুহোংবা

খোইজুহোংবী — (চেম্থোরকপা উবা) মাংলে মাংলে, ইপাগী ইবেম্মা, ইমাগী ইবেম্মা ইমোমগী থম্মোয়না অসি য়ৌরে খংলম্লবদি ..... (তেংথাবা, মীয়াম চেনশিন্দুনা তিনবা)

খোয়দোম (অমুক তুবা চেনশিল্লকপা) পারি ..... (কোনখৎপা) পলেমগী ইথানুংদগী ইচাগী য়াইবীবু চীশু কনানা পুবনো, মমা লুখ্রাবী ঐঙোন্দা অমুত্তংদি শিন্নবিরকখোবা, ইমাগী পারি ..... (খ্রাম্বা)

খোইজুহোংবী কনা নৎলমদরে, শরি ব্রাশক্লখিবা মপারি ওইরল্লে, ও! ইমাগী ইমোম !

খোইজুহোংবা ও! ব্রাখল থেল্লিদা ঐহাকসে।

ময়াম (কপ্লবা, লাংনবা) পাম্মুইদা

**ব্রারী হঞ্জিনবা**

ব্রাইনু লাবা অশুম্নবু শাবী শানৌ অনিদো মপুন্সি লোমিন্নখিদো ইশানৌ।

ব্রাইনু অমোম হে নোংদম্বা ................

-ঃলোইরবাঃ-



ইশামক্তা ডিরেক্সন পিজখিবা লীলা/ড্রমা মশিং ৩৫ (কুম্থামণ্ডা)
দগী হেনগ্রে অদুগা ইজখিবা লীলা/ড্রমানা মশিং ৩০ (কুম্থা) দগী হেনগ্রে।

ইত্রাবা লীলা/ড্রমানচিংবগী মনুংদা মখাগী খর অসি পনবা য়াই।

**কোংথ্রবা**

- লীলা ড্রমা অমশুং কাংলোন।
- Leela / Drama & Methodology.
- ইমালোন্দা তর্পন কৎপা।
- ( সংস্কৃতগী ইমালোন্দা হন্দোকচবা )

**কোংগদৌরবা**

- অরোইবা পিরাং (অহানবা শরুক)

**খুৎইদা লৈরিবা**

- মিকপ থোকপা।
- ঐখোয়বু কদোমদনো ?
- গৌবিন্দ দর্শন।
- নুপিগী পাঙ্গল ।
- লমজিং মৈরা ।
- অভিশাপ ।
- মেকবেঠ ( ইংরাজিদগী হন্দোকপা)।
- মালফীগী লুথ্রাবীদো ( ইংরাজিদগী হন্দোকপা) ।
- নোকশিরা কপশিরা ?
- লিকশঙনু শাফবী
- অসিনচিংবা ।

Printed at P.K. Offset Printing & Press.
*Babupara, Opp 1st M R Ground, Imphal*